# "ꯁ꯭ꯔꯤ ꯀ꯭ꯔꯤꯁ꯭ꯅꯒꯤ ꯂꯤꯂꯥ"

# "শ্রীকৃষ্ণগী লীলা"

অইবা
শ্রীয়ুমনাম রাধেশ্যাম সিংহ।




অহানবা খুৎনম / তারিখ : ১৮/০৪/২০১৩

লাইরিক ফোংজবী - শ্রীমতি য়ুম্নাম ওংবী লৈমতোন দেবী

লাইরিক ফংফম - ১) রাজেস বুক ষ্টোর।
গোভনার রোড, ইম্ফাল।
২) য়ুম্নাম রাধেশ্যাম সিংহ।
কৈথেল অশাংবী ৱাঙ্খৈ ইম্ফাল।



কোপী মশিং - ৫০০/-

মমল - ৫০/- (Rupees fifty only)



N:B : লাইরিক অসিদা অশোইবা য়াওরবসু মথংগী চেফোংদা চুমথোকচগনি। অচুম্বা তাকপীরকপা খুদিংমকপু হরাওনা লৌজগনি।

Printed at:
BK Offset & Printing Works, Wangkhei Keithel Asangbi.

## ৱাহৈ খরদং থমজবা

পুন্সিগী খোঙচৎ লোয়শিল্লকলবা মতম য়ৌরকলবদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা ইবুংঙোগী লীলাগী লাইরিক অসি ইরগা শ্রীচরন্দা লৈরাং ওইনা কচ্চগে হায়দুনা লাইরিক অসি ইজখি। থবক অসি পাংথোকপদা পুকচেল চাওবা কয়াগী মতেং ফংজখি। শ্রীহিজম ইরাবোত সিংহনা স্কৃপ্ ফজনা শিনদোকপা অমসুং লাইরিক ইন্নবা পুক্লিং থৌগৎপিখি। শ্রীথৌদাম ব্রজমনি সিংহ (হোমিওপেথ) না, প্রুপ লৌবা অমসুং লাইরিক অসি ফোংবগী অচৌবা শরুক য়াবিখি। লাইরিক অসি নমলিবা বী. কে. ওপসেট এণ্ড প্রিনটিং ৱার্কসনা য়ারিবমখৈ অমাঙ অতা য়েংদনা থৱাই য়াওনা মতেং পিবিখী। মথক্তা পল্লিবা ইবুংঙোশিং অসিগী মফমদা লম্মন তোনজরবনি। অঙাং নাৱাগুম লৈরোল্লবা ঐহাক্পু লাইরিক অসি পাবিরিবা ময়ামনা অশোই অঙাম পুমনমক ঙাকপিয়ু। খঙজদবনি, শোইবনি হায়না লৌবিয়ু।

শ্রী রাধেশ্যাম সিংহ

# "শ্রীকৃষ্ণগী লীলা"

ব্রজগী নুমিৎ থা ওইরবা,
নন্দ যশোদাগী থম্মোইগী মণি,
ব্রজ গোপ গোপীশিংগী প্রাণ ওইরিবা,
অৱাবা তারবা তোল্লবশিংগী
চঙজফম ওইরিবা, ভক্তবু চানবিবা,
ননাইগী অশোয়বা অরানবা ঙাকপিয়ু,
হন্না হন্না খুরুমজৈ।

অইবা
শ্রীয়ুমনাম রাধেশ্যাম সিংহ।

# "শ্রীকৃষ্ণগী লীলা"

হে কৃষ্ণ ইবুংঙো নহাক্তি
শকনাইদবা ব্রহ্মানি,
শকনাইদবা নহাক্না,
যুগকী কুমওন খুদিংদা,
তোঙানবা শক্তম লৌদুনা,
ফত্তববু মাংহনবি, ধর্ম্মবু য়োকখৎপী।
সত্য যুগগী মতমদা,
বারহদেব শক্তম লৌদুনা,
পুখৎপিখী সমুদ্র ইরোননুংদগী পৃথী মাতাবু।
শ্রীনারায়ণগী শক্তম লৌদুনা,
ভক্ত ধ্রুববু চানবিখী,
ধ্রুবলোকপু শেমবিখী।

নোংশা মাইথোং পানবা,
ভগবান নরসিংহ শক্তম লৌদুনা,
অকনবা দৈত্য হিরন্যকশিপুবু লানবিখী,
ভক্ত প্রহ্লাদবু কনবিখী,
জগৎকী মঙ্গলগীদমক্তা, হিরন্যাক্ষবু লানবিখী
ত্রেতা যুগকী মতমদা,
ভগবান রামচন্দ্রগী শক্তম লৌবিখি,
দশরথ নিংথৌগী মপারি ওইনা পোকখি।

মপাগী ৱাশক ঙাকনবা
লেংবীখি বন্দা, চহি  তরামরি।
লোইনবীখি দেবী সীতা,
মনাও ইবুঙো লক্ষ্মন তুংইনখি।
মপুরোইবগী শাপতগী, নুংপাক ওইনা লৈরিবী,
সতী অহল্যাগী অৱাবা কোকপিখি।

অচৌবা লঙ্কাগী লানফমদা,
মনাই রাবণবু লানবীখি,
মনাও কুম্ভকর্ণগা লোইননা
জগৎকী মঙ্গল ওইনবা.
অযোধ্যা লৈবাক্তা হল্লকলগা,
রাম রাজ্য লিংখৎপিদুনা,
নিংথৌগী ফিদমফম উৎপিখি।

ত্রিকুত কৌবা চীংজাওগী মখোঙদা,
নিংথিরবা থরো থম্বালনা থল্লবা পাৎতা,
শান্নজখি শামু কাংবু অমা লাক্কুনা,
শাওরবা গুম্ভীর অমনা,
লুচিংবা শমুগী মখোং ফাজিনখি,
কংফাল কাখৎপা ঙমহন্দে,

পাঙ্গল ময়েং তারক্লে শামুগী,
শামুনা শ্রীহরি নিংশিঙখি,
মথৱাই কনবীনবা হায়জখি।
চানবী হৈবা শ্রীহরিনা,
গুম্ভীরবু হাৎতুনা,
শামু মথৱাই কনবীখি।
মুণিগী শাপ্তগী,
ইন্দ্রদ্যুমন নিংথৌনা,
শামুগী মপোক ফংজখি,
থৌজালহৈবা হরিনা,
মনাই ইন্দ্রদ্যুমনবু,
নিংথৌ খুভম ফংহনখি।
দ্বাপুর যুগকী মতমদা,
শকনাইদবা ব্রহ্ম নহাক্লা।

শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম লৌবিখী,
পাপী ময়াম মাঙহনদুনা,
কৃষ্ণ ইবুংঙো নহাক্লা
ব্রজ লীলা শান্নবীখি।
হে কৃষ্ণ ইবুংঙো নহাকপু,
তোল্লবনা হন্না হন্না খুরুম্মজে।

মমাংগী মপোক কয়াদা,
বসুদেব দেবকী অনীনা,
সুতপা প্রশ্নি শক্তম লৌদুনা,
শ্রীহরি নঙোন্দা নিজখি,
ইবুংঙো নহাকপু মচা ওইনা ফংনবা।
অতোপপা মপোক অমদসু, দেবকী বসুদেবনা,
কশ্যপ মুণি আদিতি,
শকফম ফংজখি,
নিজখি শ্রীহরিবু, মচা ওইনা ফংজনবা।

সুরগী মচানুপা বসুদেবনা দেবকীবু লুহোংখি,
লুহোংবা নুমিৎ অদুদা,
উগ্রসেন নিংথৌগী মচানুপা কংসনা,
দেবকী বসুদেব অনীবু,
শগোলনা চিংবা কাংগী, সারথি ওইদুনা,
বসুদেবগী ময়ুমদা থিল্লমই কংসনা।'
তাঞ্জদুমক্তদা, আকাশবাণি তৌরকই,
"দেবকীগী নিপালশুবা মচানা
কংস নংবু হাৎকনি"।
তমথিরবা কংসনা, মখুৎতা থাঙশাঙ্ পায়দুনা,

দেবকীবু মশম পায়দুনা, দোলাইদ্গী চিংথখি,
বসুদেবনা হায়জখি কংসদা,
দেবকীগী মথৱাই কনবিনবা,
ৱাশকখি বাসুদেবনা,
দেবকীনা পোকপা অঙাং পুন্নমক,
পীগনি কংসদা ।

কংসনা, বসুদেবগী ৱাশকপু থাজদুনা,
দেবকীবু থাদোকপিখি।
মতাং অসিদা দেবষি নারদনা
কংসদা হায়বিখি
"কংস নংবু হাৎনবা দেবতাশিংনা হোৎনরি
দেবকী বসুদেববু, কৈশুমশংদা থম্মু"।
নারদনা তাকপা তুংইন্না,
কংসনা দেবকী বসুদেব অনিবু,
য়োৎছ্লিং চনদুনা কৈশুমশংদা থম্বীখি।

মপা নিংথৌ উগ্রসেনবু, মফম লৌথোক্লুনা,
কংসনা নিংথৌ ওইখি।
বসুদেবনা মহাক্কী ৱাশক তুংইন্না,
দেবকীনা পোকপা অঙাশিংবু

শিন্নখি কংসদা।
তরেৎশুবা অঙাংগী পোক্লমদাই মতমদা,
যোগমায়ানা তরেৎশুবা অঙাংবু,
বসুদেবগী তালোই রোহিনীগী গর্ভদা থমজিনখি,
বলরাম কোলোয় মিং কৌদুনা, বৃন্দবন্দা
পোকপিখি।
থৱান থাগী নিপাননি কোনবা তিথিগী,
অহিং নোংয়াইদা, অবতার ওইবিখি শ্রীকৃষ্ণনা
দেবকীগী গর্ভদগী
শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম পায়রবা,
শ্রী নরায়ণগী শক্তম উবদা,
বসুদেব দেবকী অনীনা হায়জবদগী,
নরায়ণ ভগবান্না অঙাংগী শক্তম লৌবিখি।

কৈশুমশঙ শঙবা কংসগী মনাইশিং,
তুমখুন হুনদুনা তুমথখি।
লোল্লিবা কৈশুমশংগী থোঙশিং,
মথন্তা হাংদোকচরকখি,
তাঞ্জা অদুদা, বসুদেবনা অঙাংবু পমদুনা পুরগা,
যমুনা তুরেল লান্দুনা,
নন্দগী গোকুল য়ৌনবা চৎখি।

তুমদুনা লৈরিবা যশোদাগী মনাক্তা,
বসুদেবনা মচাবু থমলগা,
যশোদানা পোকচবী মচানুপীবু,
বসুদেবনা পমদুনা,
কংসগী কৈশুমশঙদা হল্লকখি।
দেবকীদা শিন্নখি অঙাংবু।

তাঞ্জা অসিদা,
কংসগী মনাইশিং মিৎকপ থোকলকখি,
কৈশুমশংগী থোঙশিং মথন্তা লোনজখি,
কংসগী মনাইশিংনা কংসদা
অঙাং পোকপগী পাউবু পিজখি,
কংসনা কৈশুমশংদা লাক্তুনা,
দেবকীদগী অঙাং অদু মুন্দুনা
নুংপাক্তা হাইহৎতুনা হাৎনবা হোৎনখি,
অঙাং অদুনা, কংসগী মখুত্তগী নাস্থোক্তুনা,
দেবী শক্তম লৌদুনা(যোগমায়ানা),
অতিয়াদা পাইখৎখি।
লাওরকখি “কংস নংবু হাৎকদবা অঙাংদি
গোকুলদা লৈখরে” ।

মতৌ অসুম্না কংসনা খঙখি,
কংস মাবু হাৎকদবা য়েক্লবদি, গোকুলদা লৈখ্রে
হায়বসি।
অসিগী তুংদা নিংবা কায়রবা,
কংসনা মাগী লৈফমদা হল্লকখি।
মাগী অকনবা ময়াম কৌদুনা ,
গোকুলদা লৈরিবা য়েক্লববু, হাৎনবা ব্রাফমবু
খন্নখি।

থারকখি মায়া হৈবী পুতনাবু,
অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণবু হাৎনবা।
নিংথিবী শক্তম লৌদুনা,
পুতনানা কৃষ্ণদা খোমলাং ইনবীখি,
ইবুংঙো নহাক্কা পুতনাগী খোমলাং থকপিখি,
খোমলাংগা লোইননা পুতনাগী থব্রাইবু
চিংথোকখি,
মায়া হৈবী পুতনাবু লানবিখি।
অসিগী মতুঙ্দা কৃষ্ণবু হাৎনবগী
থারকখি মায়া হৈবা অকনবশিং,
তৃনাবর্ত, ধেনুকাশুর, বকাশুরনচিংবা,
মখোয় পুম্নমকপু ইবুংঙো নংনা
মথব্রাই লৌবিখি।

নারদা মুনিগী শাপতগী, উপাম্বী ওইদুনা লৈরিবা .
নিলকুবের মনিগ্রীভ মচিন মনাওবু
কোকহনবিখি মখোয়গী অৱাবা,
ফংহনবিখি মশাগী শক্তমবু।

মমা ইবেম্মা যশোদা রাণীদা,
উহনবিখি, শ্রীনরায়ণগী বিশ্বরুপ শক্তমবু।
মতম খোংলৈ তুংইন্না,
রাম কৃষ্ণ অনীনা, ব্রজগী ষনশেন্নহা ওইরকখি।
বলরাম কৃষ্ণ অনিগী শুমহৎলা শক্তমবু উবদা,
ব্রজ গোপ গোপীশিং, নুংঙাইবা ইপাক্তা তাওথখি

ব্রহ্মাগী মায়ানা ব্রজগী , ষনবী ষন্নাও
ষনশেন্নহাশিংবু লোৎপিখি,
ইবুংঙো নহাক্কী থৌজালনা,
ব্রহ্মানা লোৎখ্রবা ষনবী ষন্নাও
ষনশেন্নহশিংগী শক্তম লৌদুনা,
ব্রহ্মাগী মায়াবু অরেম্বা তাহনখি।

মাইথিরবা ব্রহ্মানা চঙজখি ইবুংঙো নংগী
মফমদা,
হায়জখি মহাকপু ঙাকপিনবা,
অঙকপনি ইবুংঙো নংগী লীলাদি।

অকিবা ফংবা লাম্মেনা,
ব্রজগী ষনশেনবশিংবু, চাক্কদৌরবা মতমদা,
ইবুংঙো নহাক্না কনবিখি মখোয়বু।
যমুনা তুরেলগী, কালিন্দী কৌবা মফমদা,
কালি কৌবা অচৌবা লিনগী লৈফম ওইরম্মী,
ব্রজগী মীয়াম্না, লিনবু কিবনা কালিন্দীদা চংনদে।
যমুনা কালিন্দী ঈরেলদা, অরাম খৌরাংবা
কোক্লবা ঈশিংবু থক্লখি।
কালিন্দীগী লিলগী হু চেল্লবা ঈশিং অদু থকপদা,
ষনশেন্নহাশিং অৱাবা তারম্মী।
ভক্ত ওইবা ষনশেন্নহাশিংবু কন্নবা,
ফংত্রবা কালি কৌবা লিনবু হাৎন্নবা,
হে কৃষ্ণ ইবুংঙো নহাক্না,
কালিন্দী ঈরেলদা চোংথদুনা,
কালিগী মকোক্তা নেৎতুনা, ইবুংঙো নংনা
অঙকপা খুৎথেক্লা জগোয় শাবিখি।

কৃষ্ণগী জগোয় খাঙবদা ৱারবা
কালিগী অরোইবা মতম লাকলবদা,
কালিগী তালোইশিংদুনা,
কালিগী মথৱায় কনবিয়ু হায়জখি।
থৌজাল হৈবা কৃষ্ণনা কনবিখি কালিবু,
অদুগী মতুং তাবদা কালিবু যমুনা থাদোক্কুনা,
সমুদ্রদা চৎনবা তাকপিখি।
লোইনা লোইননা ষনশেন্নাহাশিংগী,
অৱাবসু কোকপিখি।
থৌজাল হৈবা কৃষ্ণ, নহাক্কী
অঙকপা লীলাবু, তাইবংনা খঙবা ঙমজদে।
তোল্লবা ননাইনা, কৃষ্ণ নহাকপু
হন্না হন্না খুরুমজে।

নোংজুথা লাক্লবদা,
হৈরাং লৈরাং পাম্বীশিংনা,
ব্রজগী লৈতেং ওইরকই।
নুংশিবা বাঁশিগী শুরনা,
ব্রজ গোপ গোপীশিং শুম্মৎখি।
কত্যায়নি দেবীদা নিজখি,

নৌরিবী গোপী চনুরশিংনা,
ইবুংঙো নহাকপু, মপুরোইবা ওইনা ফঙজগে
হায়না,
পুন্নমকপু উবিবা ইবুঙো নহাক্লা,
ব্রজ গোপীশিংগী, প্রেমগী চাংয়েং তৌবিখি।
যমুনা তুরেলগী ইরোলনুংদা,
গোপীশিংনা শান্নজখি,
ইবুংঙো নহাক্লা, গোপীশিংগী মফি - মরোল,
পুন্নমক লৌশিনবীখি।
ইকাইথিবী গোপীশিং,
ইবুংঙো নংগী খুয়া থম্বালবু ফংজনবগীদমক্তা
ইকাই ইকি থাদোক্লুনা,
মখোয়গী ফি রোলশিংবু নিজখি।
অশেংবা প্রেমগা লোয়ননা,
ইবুংঙো নহাকপু থম্মোইনুংদা লাৎচখি।
খঙবীখি ইবুংঙো নহাক্লা,
ব্রজ গোপীশিংগী, অৱাংবা থাক্কী ভক্তিবু,
তাকপিখি গোপীশিংদা,
লাক্লিবা শরত পুর্ণিমাগী অহিংদা,
জগোইরাসকী মতমদা,
মখোয়গী নিংবা থুংহনবিগনি হায়না।

কৃষ্ণ বলরাম অনিনা,
গোপ ষনশেন্নহাশিংগা লোয়ননা,
অরাম্বা খৌরাংবগী অৰাবা ফংজখি,
অরাম্ববু কোক্লনবা,
ইবুংঙো নহাক্না ষনশেন্নহা খরবু,
থারকখি, ব্রাহ্মনশিংগী মফমদা,
ষনশেন্নহাশিংনা ব্রাহ্মনশিংদুদা হায়জখি,
মখোয়দি কৃষ্ণ বলরাম অনীনা থারকপনি,
মখোয়গী অরাম খৌরাংবা কোক্লবা ক্ষীর নিনবা,
হায়জখি ক্ষীর পিবীনবা।
কৃষ্ণ বলরাম লাইগী শাইওন্নি খঙদবা,
অপঙবা ব্রাহ্মনশিংদুনা পিবীখিদে,
নিজরিবা ক্ষীরবু।
নিংবা কায়ববা ষনশেন্নহাশিং হল্লক্তুনা
শ্রীকৃষ্ণদা পাউদমখি, ব্রাহ্মনশিংগী ৱাফম্বু,
ষনশেন্নহাশিংদুবু, অমুকহন্না
থারকখি, ব্রাহ্মনশিংগী মফমদা।
কৃষ্ণগী মগুন তারবী,
ব্রাহ্মনশিংগী লোইনবীশিংদুনা,
মপুরোইবশিংগী অথিংবদু থওইদনা,

শ্রী- কৃষ্ণগী চরন্দা, অচা-অথক ময়াম কচ্ছখি।
ইবুংঙো নহাক্না ব্রাহ্মনগী লোইনবীশিংদুদা
তাকপিখি,
মপুরোইবশিংগী মনাক্তা হন্নবা,
ব্রাজরবী লোইনবীশিংদুনা হায়জরকখি,
শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা মথৱাই কৎলবী মখোয়বু,
শাওরবা মপুরোইবশিংদুনা লৌশিনবীররোই,
শ্রীকৃষ্ণগী চরন নত্তনা,
চংজফম লৈজদে মখোয়গী।
তাকপিখি ইবুঙো নহাক্না,
মখোয়গী মপুরোইবা মচাশিংনা
শাওবিররোই হায়নবু।
নখোয়দি ভক্তিগী মহৈনা,
কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিল্লগদবনি।
ব্রাহ্মনশিংনা হল্লক্তুনা,
পূজা মপুং ফানা লোইরবা মতুঙদা,
ব্রাহ্মনশিংগী মপুক্নিংদা, নিংঙমদবা পোকখি,
মায়ানা লমজিংখিদুনা খঙখিদে,
জগৎকী মপু ওইরিবা ইবুংঙো মহাকপু,
মথৱাই ব্রাজরবা ব্রাহ্মনশিংনা,
নিজখি শ্রীচরন্দা মখোয়বু ঙাকপিনবা।

ব্রজ নিংথৌ নন্দনা,
মমাংঙৈগী চৎনবী তুংইন্না,
ইন্দ্রবু পুজা তৌনবা হোৎনখি।
শ্রীকৃষ্ণনা হংজখি, ইন্দ্রগী পূজা তৌনবা মরম্বু।
খুল্লকখি নন্দনা, ইন্দ্রনা নোং চুহনবীদুনা,
ৱজগী চান-থক্লবা মহৈ মরোং পিবিরি,
মরম অসি লৈবনা, ইন্দ্রবু পুজা তৌবনি।
ইবুংঙো নহাক্না তাকপিখি,
মীওইবশিংদি কর্ম্মগী মহৈ চাবনি,
মরম অসি লৈবনা
ইন্দ্রগী পূজা তোক্লগা, ব্রজগী ষনবী ষন্নাওশিং,
গোবর্দ্ধন পূজা তৌবনা অচুম্বা লম্বী ওইগনি।
ইবুংঙো নংগী ৱাবু ইনদুনা ব্রজগী মীয়াম্না,
ষনবী ষন্নাও, গোবর্দ্ধন পুজা তৌখরে,
ইন্দ্র-পূজা তোকখরে।
শাওরবা ইন্দ্রনা, নুমিৎ তরেৎনি চুপ্না,
অকনবা নোং নুংশিৎ তৌহনদুনা,
ব্রজবু অৱাবা ফঙহনখি।

ভক্তবু চানবীবা কৃষ্ণ নহাক্লা,
গোবর্দ্ধন চীংবু থাংগৎলগা,
ব্রজগী মীয়াম্বু কনবিখি।
নাপল চাওরবা ইন্দ্রনা খঙজখি,
ইবুংঙো নহাক্লা ব্রজগী মীয়াম্বু কনবিবনি
হায়বসি
মায়থিরবা ইন্দ্রনা চংজখি,
ইবুংঙো নংগী শ্রীচরন্দা,
হায়জখি মহাক্কী মরাল ঙাকপিনবা।
তৌঙমদবা থবক তৌদুনা,
ভক্তশিংবু কনবিখিবা,
ইবুংঙো নহাকপু
তোল্লবনা, হন্না হন্না খুরুমজৈ।

ব্রজগী লমদি লমনুংশি,
গোবর্দ্ধন্না কোনবা লম,
শরত পুর্ণিমাগী অহিংনি,
নিংথিরবা থাজগী, মেঙলবা মঙালনা,
ব্রজ লমদম ঙানখরে।
কোরৌ নুমিৎ অসিদা,
শ্রীকৃষ্ণনা রাস লীলা শান্নগে খন্দুনা,
যোগমায়া কৌদুনা, রাসলীলা শান্নবীখি।
নিংথিরবা শক্তম লৌরবা ব্রজদা,

শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো নহাক্না,
নিংথিরবা শুরদা মুরলীবু খোংবিখি।
মুরলী খোঞ্জেল তাবদা,
মচা মপুরোইবশিংগী অথিংবা পুন্নমক থওইদনা,
ব্রজগোপীশিংনা, ইবুংঙোগী নাক্তা থুংলখি,
শেংলবা কৃষ্ণ প্রেমদা লুপলবী,
কৃষ্ণগী খুয়া থম্বালতবু পামজবী
লাইবক ফবী ব্রজ গোপিশিংনি।
প্রেমগী ঈহৌদা, পুন্নমকপু কাওথোক্তুনা,
ইবুংঙো নংগী সেবাদা,
জগত্তা ফাওরবা রাসলীলা শান্নবিখি।
ব্রজ গোপীশিংগী মনিঙ্ থুংহনবীখি।
অঙাং নৱাগুম লৈরোম্লবা,
তোল্লবনা, কৃষ্ণ নংবু হন্না হন্না খুরুম্জে।

মতৌ অসুম তৌদুনা,
বলরাম কৃষ্ণ অনিনা,
ব্রজ লীলা শান্নদুনা,
ব্রজ গোপ গোপীশিংবু,
অৱাবা কোকহনবিদুনা,
লৈরিঙৈ মতম অসিদা,

কংসনা, যদু শাগেগী অহল অক্রুরদা হায়জখি,
রাম কৃষ্ণ অনিবু, ব্রজ গোপশিংগা লোইননা,
মহাক্কী ভুতেশ্বর পূজা,
য়াওহন্নবা লৌবিরু হায়না।
পুকচেল চাউবা অক্রুরনা, রাম কৃষ্ণগী
দর্শন ফঙলনি খন্দুনা হরাওখি,
ব্রজদা চৎকে হায়না য়াবিখি।

অক্রুরনা কাং তোংদুনা ব্রজদা চৎখি,
ব্রজদা থুংলবা মতমদা নন্দ, রাম কৃষ্ণ অনীনা
হরাও তয়াম্না ওকপিখি।
হংবিখী ব্রজদা লাকপগী মরম,
মবুকচেল শেংলবা অক্রুরনা,
খঙহনখি মহাক্কা লাকপগী মরম,
কংসনা রাম কৃষ্ণ অনিবু,
মহাক্কী ভূতেশ্বর মহাদেবদা,
লিরুং কৎতুনা যজ্ঞ তৌবদা,
য়াওহন্নবগীদমক্কি।
নন্দ নিংথৌনা মথুরাদা চৎননবা,
গোপ ময়ামদা তাকপিখি,
কংসদা কৎনবা শঙ্গোমগী অথুম অহাও পৃগদবনি

অক্রুরনা রাম কৃষ্ণ পুদুনা
মথুরাদা চৎপগী ৱাফম তাবদা,
কৃষ্ণবু মথৱাইনি নিংজরিবী গোপীশিংদি,
তাখরে খাঙ্ঙমদবা অৱাবগী ঈপাক্তা.
মবুংঙো কাইনরনি খনবদা,
ইকাই ইকি থাদোক্কুনা কপ্না কপ্না
হায়জখি, কৃষ্ণ মাগী মফমদা
মথুরাদা লেঙদনবা,
থম্মোই কায়রবি, উপাই লৈজদ্রবি গোপীশিং,
কপ্না কপ্না কাংগী মতুং ইন্নজখি
মখোয়গী অৱাবা উবদা,
থেমজিনবিখী ইবুংঙো মহাক্না,
দুতশিংগী পাওথাংদা।
তাকপিখি ব্রজদা অমুক হন্না হল্লকখিগনি হায়নবু
মথং মথং লাকপনা।
আনন্তা তির্থ য়ৌরকপা মতমদা অক্রুরনা
মহাক্কী নুমিৎ য়ুংবগী লাইশোন শোন্নবা কুমথখি।
রাম - কৃষ্ণ অনীবু ঈশিংগী ঈরোলনুংদা উজখি,
খুরুমজখি নারায়ণগী শকতম লৌরবা শ্রীকৃষ্ণদা।

অসুম অসুম লাক্কুনা মথুরাদা থুংলখি,
নন্দ অমদি গোপশিংদি অশম্বা লম্বী চত্তুনা
মথুরা হান্না থুংলমখি,
রাম কৃষ্ণ অনীবু ঙাইদুনা লৈজখি।
মথুরাদা থুংলবদা, কৃষ্ণনা অক্রুরবু মথুরাদা
চঙখরো,
রাম কৃষ্ণ অমদি গোপশিং,
মথুরা চঙদনা, অহিংদু পোত্থারগে তাকপিখি।
মথৱাই নুংঙাইত্রবা অক্রুরদা হায়বিখি কৃষ্ণনা,
কংস হাৎলবা মতুংদা,
অক্রুরগী ময়ুমদা লেংশিল্লক্কনি হায়নবু,
অক্রুরনা কংসদা রাম কৃষ্ণ থুংলবগী
ৱাফমবু তমলগা ময়ুমদা চৎখি।

মথংগী নুমিৎ অদুদা, রাম-কৃষ্ণ অনীনা,
গোপশিংগা লোইননা মথুরাদা লেংশিংনখি,
শুমহৎনবা শক্তম পুরিবা রাম-কৃষ্ণ অনীবু,
উবা ফঙজখি মথুরাগী নুপীশিংনা,
মীৎফম হোংদনা য়েংজখি।
কৃষ্ণবু তোয়না উরিবী,
লাইবককফবী ব্রজগোপীশিংবু কল্লকখি।

মথং মথং লাকপনা, ব্রাহ্মনশিংনা লাঙলিবা
অহাওবা শঙ্গোমগী অচাপোৎ,
নিংথিবা হৈরাং লৈরাং, কচ্চখি রাম-কৃষ্ণ অনিদা।
অদুগী তুংদা, কংসগী ফিশুবা মনাই অমা থেংনখি।
ফজবা ফিরোল পীবিনবা হায়জখি কৃষ্ণনা।

ঙকচাও থেকপা ফিশুবনা,
উশিৎথওইদনা ফি-পীয়ু য়াখিদে।
শাওরবা কৃষ্ণ ইবুংঙো নহাক্না,
ফিশুববু হাৎতুনা, ফিরোল লৌবিখি,
বলরাম কৃষ্ণ মচিন-মনাও অনিগী শেৎপা কোন্নবা
খাকলগা, য়েন্থোকখি অরেম্বা ফিশিংদু গোপশিংগী
মরক্তা।
থরা চৎলে হায়রগা, ফিশুবা নুপা অমনা,
কৎলকখি ফজনা লৈতেংলবা ফিশিং,
পেনবীরবা কৃষ্ণনা নিপা অদুবু
অরান-খুভম ফঙহনবিখি,শিরবা মতুঙদা।
মচিন-মনাও অনীনা লেংশিনখি,
লৈ য়োনবা শুদামগী ময়ুমদা।
হৌনবি পুজা কৎতুনা,
নিংথিবা লৈ পরেং কৎচখি কৃষ্ণদা,
শ্রীকৃষ্ণনা শুদামবু মাগী ভক্ত ওইনা লৌশিনখি।

অসুম অসুম লাকপদা,
থেংনখি মথেক অহুম থেক্লা নম্বোনবী কুবজাবু
মহাক্তি কংসগী চন্দন শেম্বীনি,
কৎচখি মচিন মনাও অনিদা,
নিংথিরবা চন্দনবু,
থম্বাল মাল্লবা মায়থোংদা,
থিনবিখি চন্দন নিংথিজনা।
থৌজাল হৈবা কৃষ্ণনা, মথেক অহুম থেক্লবা
নম্বোনবী কুব্‌জাবু,
চুমথোকপিদুনা নমপোন্দবী ওইহনবিখি,
শকহেনবী কুব্‌জা শকফম পিবিখি।
নুংশি ঈহুল ফাওরগা কুব্‌জানা,
হায়জখি ইবুংঙো মহাকপু,
মাগী ময়ুমদা লেংশিনবিনবা।
কৃষ্ণনা তাকপিখি,
মহাক্কী তৌগদবা মথৌ পাঙথোক্লগা,
কুব্‌জাগী ময়ুমদা লাকপিগনি হায়নবু।

মতুংদা রাম কৃষ্ণ অনীনা লেংশিনখি,
কংসগী যজ্ঞ তৌফমদা।
লিরুং শেন্নবা কংসগী মনাইশিংবু হাৎলগা,

কৃষ্ণনা লিরুং অদুবু শামুনা চুশাং থেকপগুম
থেক্কুনা, মরোল অহুমবু নিকহনখি।
য়েংলিবা মীয়াম্না বলরাম কৃষ্ণ অনিবু,
দেবতামক্নি খন্নখি।
রাম কৃষ্ণ অনিনা গোপশিংগা লোয়নননা,
লেংথোকখি মথুরাগী মপান্দা,
অহিং অদুমা পোথাখি।

লিরুং থুদেকখ্রবা মতুংদা,
অন্নাবা ইপাক্তা তাথরে কংসদি,
তুমফম চাফম খঙখিদে
অকিবগা লোয়নননা।
নোংঙাল্লবা মতমদা,
বলরাম কৃষ্ণ অনিনা,
মল তৌগদবা মফমদা লেংশিনখি,
লম্বী থৎতুনা লৈরম্বা শামু কুবলয়াপীড়বু,
হাৎপিখি কৃষ্ণনা।
শামুগী ময়া অনি শৎতুনা,
খুৎলাই ওইনা পাইরগা,
লেংশিনখি ইবুংঙো অনীনা,
মল তৌফম মফমদা।
মল হৈরবা চানুরগা শ্রীকৃষ্ণগা লাম্বা তৌনখি

ময়াম্বা বলদেবনা মুষ্টিকাগা পান্নখি।
মচিল মনাও অনিনা,
চানুর অমদি মুষ্টিকাবু,
মলগী লানদা ইরাই লাইনা হাৎপিখি।
মতৌ অসি উবদা অতোম্পা মল হৈবা ময়াম
চেন্নখি,
তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ফৎত্রবা কংসগী থব্লাই
লৌবিখি,
ইবুংঙো মাগী কৃপানা কংসনা অরান খুভম
ফংজখি।
ময়াম্বুং ইবুংঙো বলরামনা, কংসগী
মনাও নিপাল লানবিখি।
য়েক্নবা হাৎলবা মতুংদা,
কংসগী রানিশিংবু, থেমজিনবিখি ইবুংঙো
মহাক্না।

তুংদা বলরাম কৃষ্ণ অনিনা,
খুরুম্মজখি দেবকী বসুদেব অনিবু।
মখাই নুংঙাইজরবা দেবকী বসুদেব অনিনা,
মচা অনিবু নুংশিনা চেৎনা কোনবিখী।
হে কৃষ্ণ থৌজাল হৈবা ইবুংঙো,
হন্না হন্না খুরুম্মজে তোল্লবা ননাইনা।

অসিগী মতুং তাবদা, কংসগী মপা উগ্রসেনবু,
মথুরাগী নিংথৌ ওইহনখি।
কংসবু কিবদগী মরৈবাক থাদোক্তুনা চেল্লুরবা,
যদু শাগৈগী মীয়ামবু,
মথুরাদা হলহনবীরকখি পুক্নিং লৈতানা লৈহনবীখি
বসুদেবনা রাম কৃষ্ণ অনিগী,
উপনয়ন যজ্ঞবু শাগৈগী পুরোহিত
গর্গ মুনিবু পাংথোকহনখি।
ষনবী ষন্নাও কয়া কৎতুনা
পেলহনবীখি ব্রাহ্মন ময়াম্বু।
অদুগী মতুংদা, বসুদেবনা থাবিখি বলরাম কৃষ্ণবু।
উজ্জয়নীগী ব্রহ্মন সান্দপনিগী মফমদা,
বেদ - উপনিষদ অমদি লানগী মহৈ তম্নবা।
রাম কৃষ্ণ ইবুংঙো অনীনা,
নুমিৎ হুমফুমরিনিগী মনুংদা,
মপুংফানা তম্বগী থাক লোইশিনখি।
শঙ্খচুর হিংচাবা হাত্তুনা,
কৎচখি গুরু সান্দপনিদা,
শিখ্রবা মচাবু হিংগৎহনবীদুনা,
কৎখি গুরুদা দক্ষিনাগী মশক ওইনা।
মহৈ তম্বা লোইরবা মতুংদা,
কৃষ্ণ বলরাম হল্লকখি মথুরাদা।

মচা কাইনবগী মৈশা লাংলবী,
যশোদা-নন্দা অনীবু কাওবা কৌবা লৈখিদে,
কৃষ্ণদা মথৱাই কৎথোক্লবী,
ব্রজ গোপীশিংবু ইবুংঙো মহাক্না,
মতম পুম্বদা নিংশিংবীখি।
বৃহস্পতিগী অচানবা সেবক ওইরবা,
জ্ঞান মপুঙ ফানা লৈরবা,
মনাই উধবপু গোকুলদা থাবিখি।
ইবুংঙো মহাক্না ব্রজ থাদোকলমদাই মতমদা,
ব্রজদা অমুক হল্লকখিনি হায়না,
তাকপিখিবা ৱাশকপু ঙাকপিখি।

উধবনা ব্রজদা থুংলবা মতমদা,
হরাওনা নন্দা যশোদানা,
তরাম তরাম ওকপিদুনা
অচা অথক পীদুনা,
উধবপু পেলহনখি।

হংবিখী. বসুদেব দেবকী অনিগী মঙ্গলগী পাউবু
হিংচাবা ময়াম হাংখিবা, ব্রহ্মাগী ময়াবু মাইথিবা
পিখিবা,
ইন্দ্রগী অশাওবদগী কৃষ্ণনা ব্রজবু কনখিবা.
থৌদোক পুন্নমক অদুবু,
নন্দনা উধবকী মফমদা তমজখি।
মচা কাইনরবি যশোদা,
কৃষ্ণগী মপাও তাবদা,
হৌরকখি খোমলাংগী ইহৌ।
কৃষ্ণনা হুনদোকপিরবী. থম্মোয় কাইরবী.
ব্রজ গোপীশিংগী অৱাববু নন্দনা উধবতা তমজখি।
ব্রজ গোপ গোপীশিংগী অৱাবা উবদা.
উধবনা হায়রকখি. "শ্রীকৃষ্ণদি জগৎকি মবুংঙোনি
জগৎ শেম্বা নারায়ণনি,
ভক্তবু চানবিবা ইবুংঙোনি,
মাবু কাওবা লৈতনা থম্মোইদা লাৎলবা ভক্তশিং.
কৃষ্ণগী লেংদ্রবা থৌজাল ফঙগনি।
লাইবক ফবীনি ব্রজগোপী নখোয়দি,
কৃষ্ণবু থম্মোইনুংদা পুন্দুনা থমবা ঙমবীনি.
মুণি ঋষিশিংনা ফঙমদ্রবা কৃষ্ণ প্রেমবু
ফঙলবীনি ব্রজ গোপী নখোয়দি।

নখোয়না নেৎলবা নাপী ওইনা,
উধব ঐনা পোকচগে হয়েংমুক্কি মপোক্তা”
অসুম তৌনা ৱারি ৱাতাই শান্নবদগী,
ব্রজ গোপীশিংগী অৱাবা খরা কোকচখি,
মতম খরা লৈরগা, উধবনা ব্রজদগী বিদায়
লৌদুনা
মথুরাদা হল্লকখি।
উগ্রসেন, বসুদেব দেবকী,
কৃষ্ণ, বলরামবু খুরুমজখি উধবনা,
কৎচখি ব্রজ গোপ গোপীশিংনা,
কৎলকপা খুদোল পোৎ ময়াম্বু।

মসিগী মতুং তাবদা,
মাগী ৱাশক ঙাক্নবা লেংলকখি শ্রীকৃষ্ণনা,
কুব্জাগী ময়ুমদা, উধবকা লোইননা,
কুব্জাগী নিংজবা পুন্নমক থুংহনবিরবা
মতুংদা, হল্লকখি কৃষ্ণনা-
লাইবক ফবী কুব্জা,
শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফঙজবদগী
অরান খুভম ফঙজখি।

শ্রীকৃষ্ণনা উধব - বলরামগা লোইননা,
লেঙবিখি অক্রুরগী ময়ুমদা।
নিংথিজরবা অচা অথক, ফি রোলনচিংবা কৎতুনা,
মথক্লাই নুংঙাইরবা অক্রুরনা
মবুংঙোবু সেবা তৌজখি।
ইবুংঙো নহাক্লা হায়বিখি,
"অক্রুর নহাক্তি ঐনা থাজবা যদু শাগৈগী অহলনি,
নহাক্লা হস্তিনাদা চত্তুনা ,
যুধিষ্টিরনচিংবা মচিন মনাও,
ইনে ইবেম্মা কুন্তী উনবিয়ু,
মমিৎ তাংবা ধৃতরাষ্ট্র, পুকচেল ফৎত্রবা দুর্যোধন,
মখোয় অসিনা পাণ্ডবশিংবু করম্না লোয়নবিবগে,
হায়বদু অক্রুর নংনা খঙদোকপিয়ু"

কৃষ্ণগী য়াথং তুংইন্না হস্তিনাদা চৎতুনা, অক্রুরনা
উন্নখি,
ধ্রীষ্টরাষ্ট্র, ভিষ্ম, অশ্বত্থামা, কর্ণ বিদুরনচিংবা
কৌরবকী লুচিংবশিংবু।
মপুরোইবা লৈজদ্রবী, কুন্তী দেবীগসু উন্নখি।
য়েক্লবনা কোয়রবা হস্তিনপুরদা,

মপা লৈজদ্রবা মচা মঙা য়োকপগী অৱাবৰু
খাঙখি।
অক্রুরনা মথুরাদা হল্লকলগা তমজখি,
কুন্তী অমসুং মচাশিংগী অৱাবা পুন্নমক্তু
শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা।

কংস শিরবা মতুংদা,
কংসগী রানী অষ্টি প্রাপ্তি অনীনা,
তমজখি মখোয়গী অৱাবা,
মপা নিংথৌ জরাসন্ধদা।
মচানুপীশিংগী অৱাবা পাউ তাবদা,
শাওরবা জরাসন্ধনা, মশিংয়াম্লবা তেঙ্গোল
পুদুনা,
যদুশিংগী মথক্তা তরাতরেৎলক লান্দাখি।
মাইথিরবা জরাসন্ধগী, সনা লুপা
লানফা পোৎ ময়ামবু, শ্রীরাম কৃষ্ণ অনিনা,
যদু নিংথৌ উগ্রসেন্দা কৎপিখি।
জরাসন্ধনা তরানিপাল্লকশুবা লানদরকপা,
য়াই খন্দুনা যদুশিংনা
মথুরা থাদোক্তুনা, অনৌবা কোনুং দ্বারকাদা
শেমখি।

নিংথিরবা কোনুংদা শ্রীবলরাম কৃষ্ণ
অনিনা ঙানথোইখি।

মতম অসিদা, শ্রীকৃষ্ণগী মরুপ,
সুদামা কৌবা লায়রবা ব্রাহ্মন অসিবু,
মাগী নুপীনা দ্বারকাদা চৎতুনা,
মখোয়গী লাইরবা কোক্লবা,
শ্রীকৃষ্ণবু উনরু হায়রকলবদা,
ভক্ত সুদামা য়ানিংদ য়ানিংদনা য়াবা তাখি।
ইবুংঙো মাবু উনবদা কৎন্নবা, অথেনপোৎ পুগে
হায়রকক্লবদা লাইরবী ব্রাহ্মনী অদুনা,
চেংপাক খরা, ভিক্ষ্যা নিরুংরগা মপুরোইবদা
পীরম্মী।
কৃষ্ণনা সুদামাবু উবদা য়াম্না হরাউখি।
ইবুংঙো মহাক্না মনাইবু অতিথি ওইনা সেবা
তৌবিখি,
অহিং লেল্লগা মথংগী অয়ুক্তা,
চৎলমদাইগী মতমদা,
শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক্না
মাগীদমক করি পুরকপগে হংবিখি।
ভক্ত সুদামানা মোৎলবা ফিনা য়োল্লবা,

চেংপাকশিং অদু ইকাইবনা কৎপা ঙমখিদরে
মনাইগী ৱাখল খঙবিরদুনা,
লাইরবগী অমোৎপা ফিনা য়োল্লবা,
চেংপাক অদুবু মুল্লগা, য়াম্না হাওনা হাবিখরে।
ভক্তবু চানবিবা ইবুংঙোনি,
মনাইনা পুকচেল শেংনা পুরকপা
চেংপাক চাবদা পুমপেন পেনবিখি।
লাইররবা সুদামাগী অৱাবা কোকহনবিখি,
ভক্তবু চানবিবা, হে ইবুংঙো নহাকপু,
হন্না হন্না খুরুমজৈ।

যদুশিংগী মথক্তা যবন নিংথৌ
কয়াভানা লান্দরকখি,
শ্রী কৃষ্ণনা যবন নিংথৌবু চীংলক্তা পুশিনখি,
চীংগী গুহা অমদা তুমদুনা লৈরিবা,
নিংথৌ মুচুকুন্দোগী মনাক্তা, মহাক্কী তুম্বা থুগাইবদা,
শাওরবা নিংথৌ মুচুকুন্দোনা,
যবন নিংথৌবু উৎ ওইনা তুমহনবিখি।
থৌজাল হৈবা কৃষ্ণনা, মনাই মুচুকুন্দোদা
হায়বিখি "মথংগী মাগী মপোক্তা
শ্রীকৃষ্ণদ তিন্দুনা অরান খুভম ফঙগনি"।

জগৎকী পাপ চেনবা ময়াম মাংহনবিদুনা,
পৃথী মাতাগী অৰাববু লৌথোকপিদুনা,
ভক্তশিংবু কল্লিবা ইবুংঙো নংগী লীলানি,
তোল্লবনা হন্না হন্না খুরুমজৈ।

কৌরব পঞ্চপাণ্ডব চৌবর শান্নবা মতমদা,
মায়া হৈবা শকুনিনা হন্না হন্না,
মায়থিহনখি পাণ্ডবশিংবু।
নুমিৎ থা উবা য়াদ্রিবী দ্রৌপদীবু,
যুধিষ্ঠিরনা পোস্থা ওইনা থাদোকখি।
ধর্ম্ম খণ্ডবা দুষাশাসন্না, ময়াম্বা দুর্যোধনগী
য়াথং তুংইন্না মীনাই ওইরবী দ্রৌপদীগী,
মফি মুনবা মতমদা
মপুরোইবশিংনা কনবীদ্রবী দ্রৌপদীনা,
দ্বারকাগী মবুংঙো, শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংখি,
মপুক্লিংদা ইবুংঙো মাঙোন্দা
কনবীনবা হায়জখি।
ঙমখৈ লৈত্রবা থৌজালগী মবুংঙো ওইরিবা,
কৃষ্ণ নহাক্না, অরোইবা নাইদ্রবা চরৈ ফিবু,
মনাইগী মফমদা পিবিখি।
ফি চিংবদা ৱারবা দুষাশাসন,

দ্রৌপদীগী মফি চিংবা ঙমখিদে,
মতৌ অসুম তৌদুনা, শ্রীকৃষ্ণনা
মনাইবু ইকাইবগী লাংদগী কনবীখি।
কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা
ইবুংঙো নহাক্লা তাকপিখি,
"ঐদি অর্জুনগী সার্থী ওইগনি
খুৎলাই পায়দুনা লান শোক্লরোই"।
কৌরবকী সেনপতি ভীষ্মনা ৱাশকখি,
"নুমিৎ খুদিংগী লানফমদা, নুমিৎ তাদ্রিবঁগে মমাংদা,
দোলাই তোংবা লিশিং তরা তরা হাৎকনি,
কৃষ্ণবু খুৎলায় পাইহনগনি"।
কৃষ্ণ অর্জুন অনিনা ভীস্মগী ৱাশক
থুগাইনবা হোৎনখি।
অকনবা ভীষ্মনা মশু অর্জুনবু,
তেন্না থাদুনা হন্না হন্না ৱানথহল্লবদা,
শ্রীকৃষ্ণনা ভীষ্ম হাৎনবা সুদর্শন চক্র পায়দুনা,
ভীষ্মা হাৎনবা চেনশিনখি।
ভক্ত ভীস্মনা, মথৱাই লৌবিররো,
হায়না ইবুংঙো মহাকপু ঙাইজখি।
ৱাস্থবদগী ঞ্জান তারক্লবা অর্জুন্না,
চেনশিল্লকতুনা শ্রীকৃষ্ণবু চিংথোকখি।

মতৌ অসুম তৌদুনা মনাই ভীষ্মগী।
ৱাশক অনীমকপু থুংহনবিখি।
মহাভারত লাঞ্জাওগী মতমদা,
ইবুংঙো নহাক্না পাপ চেন্দ্রবা
পাণ্ডবশিংবু, জয় ওইহনবীখি।

কুরুক্ষেত্রগী লান লোইবা নুমিত্তা,
দ্রোনগুরুগী মচা অশ্বত্থামানা,
পাণ্ডবকী লানশংদা,
নুমিদাং মতমদা চঙদুনা,
পাণ্ডব মচাশিং হাৎতোকখি।

মতুংদা, পাণ্ডবশিংনা অশ্বত্থামাবু তান্নরকখি,
উপায় লৈত্রবা আশোথমানা, পাণ্ডবশিংবু হাৎনবা
মাগী লাইগী খুৎলাই, ব্রহ্মশিরবু কাপলকখি
মথৱাই কন্ননবা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদ হায়খি।
মাগী ব্রহ্মশিরবু কাপতুনা,
অশ্বত্থমাগী খুৎলাই থিংনবা,
শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং তুংইন্না,
অর্জুন্না ব্রহ্মশির কাপখি।

ব্রহ্মশির অনী থেংনবদা জগৎপ্রলয় ওইবগী
ফিভম লাক্লবদা
নারদ, ব্যাসদেবনা জগৎ কন্ননবগীদমক্তা
অর্জুন অশ্বত্থামা অনিমক্তা মখোয় মখোয়গী
ব্রহ্মশিরবু লৌশিল্লু হায়রকখি।
জগৎ কন্নবগীদমক্তা অর্জুন্না,
মহাক্কী ব্রহ্মশির লৌশিনখি, অশ্বত্থামাদি
ব্রহ্মশির হন্‌জিনবগী মন্ত্র খঙদবনা,
ব্রহ্মশির লৌশিনবা ঙমখিদরে।
মাংবা য়াদবা খুৎলাই ওইবনা
অভিমন্যুগী নুপী উত্তরাগী র্গভদা লৈরিবা.
অঙাংবু হাৎনবা পাইশিনখি।
জগৎকী মপা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা,
নারায়ণগী শক্তম লৌদুনা, শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম
পায়দুনা, উত্তরগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাংবু কনবিখি।
অঙাং অদুনা মমিং পরীক্ষিত কৌদুনা,
তুংদা পাণ্ডবশিংগী নিংথৌ ওইখি।
শাওরবা শ্রীকৃষ্ণনা, অশ্বথামা য়েংদুনা হায়রকখি,
“অশ্বত্থমা নহাক্তি পাপিনি,
মরাল লৈতবা অঙাংবু হাৎনবা শিনবনি,
নংগী পাপকী মহৈনা, লাইথুং থুংদুনা
পোথাফম খঙদনা নপুন্সি লেল্লু”।

ইবুংঙো নহাক্কী অঙকপা লীলানি,
তাইবং কনানা খঙবা ওইথোক্কে,
তোল্লবনা হন্না হন্না খুরুমজে, ইবুংঙো নহাকপু।

অসিগী মতুং তারকপদা,
শ্রীকৃষ্ণনা বৈকুন্থদগী তাইবং মালেমদা,
লেংথরকতুনা পাপ চেল্লবা
হিংচাবা ময়াম্বু হাৎপিদুনা,
ধর্ম্ম চেন্দবা ময়ামবু মাংহনবিদুনা,
পৃথী মাতাবু অৱাবা কোকহনবিখি।
মশাগী মথৌ লোইশিল্লকপদা, ইবুংঙো
মহাক্না, যদু শাগেগী অকনবশিংনা
মশাগী মপাঙ্গল শিজিন্নদুনা,
জগৎকী শান্তি থুগাইবা ঙমদনবগীদমক্তা,
যদু শাগেবু লৌশিনবিরগে থৌরাংখি।

খুৎকন পাঙ্গল্লবা, যদু শগেগী অঙাংশিংনা,
নোংমগী নুমিত্তা, ঋষি ময়াম থেংনখি,
যদু অঙাংশিংদুনা, মখোয়গী মনুংদগী অমবু,
মবুক্তা য়োৎতুম থমলগা, নুপীগী ফিজেৎ শেত্তুনা,
নুপী শাহল্লে হায়রগা, ঋষিশিংদা

লকনবগী মণ্ডংদা, নুপী অদুগী
গর্ভনুংদা লৈরিবা অঙাংদু, নুপী
নত্রগা নুপা ওইগদরা, হায়দুনা হংজখি
শাওরবা ঋষিশিংদুনা নখোয় যদু শাগৈদি,
নুপী শারিবা অঙাংদুনা,
কোল্লিবা য়োৎতুম অদুনা,
যদু শাগৈ তুমহনগনি হায়না শাপ তৌখি।
নুংশাথিরবা যদু নহাশিংদুনা,
যদু শাগৈগী অহলশিংদা শাপকী মরমদা পাউদমখি।
শাগৈগী অহলশিংদুনা য়োৎঅদু নুংদা তক্তুনা,
তুমহন্নবা হোৎনৌ হায়দুনা হায়বিখি।
মখোয়না য়োৎ তুম্নবা নুংদা তকপদগী
মহিনা ঈশিংদা তাবদা নোংথাং লৈমনা ওনবা
অকনবা পাম্বী ওইনা হৌরকখি।
মতম অদুমক্তদা, ফত্তবা অমঙ্গল ওইগদবা,
খুদম কয়া উবা ফঙলকখি।
শ্রীকৃষ্ণনা যদু শাগৈগী অহলশিংদা,
সমন্ত তীর্থ চৎতুনা অচা অথক,
সনা লুপা পুদুনা, যদু শাগৈগী,
মঙ্গলগী পুজা তৌনবা তাকপিখি।

তীর্থদা পূজা লোয়রবা মতুংদা,
যদু শাগৈগী মীয়াম্না, মহাও কল্লবা
য়ু থক্কুনা, অমগা অমগা খুৎলাই পায়নদুনা
খৎনরকখি, খুৎলাই লৈরক্ত্রুবা মতুংদা,
য়োৎকী মহিদগী পোকখিবা,
অকনবা পাম্বীশিং অদু ফুক্কুনা,
ফুনরকপদগী যদু শাগৈ তুম্না শিখি।

মতম অসিদা, বলদেবনা শ্রীকৃষ্ণদা,
যদু শাগৈ খৎনবদু খামনবা হায়বিরমই।
শ্রীকৃষ্ণনা খুমখি,
"দাওজী হৌজিক খাম্বা য়াররোই
যদু শাগৈগী তুম্‌নবা মতম য়ৌরক্লে"।
বলরামনা আনন্তগী শকফম লৌদুনা
সমুদ্রদা লেংথখি,
ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা উ পাম্বী অমদা কাদুনা পোত্থাখি
শাদানবা অমনা উথক্তা লৈরিবা,
শ্রীকৃষ্ণগী অঙাংবা খুয়া থম্বালবু উবদা,
শক্তি ওইরবোই নিংদুনা,
লেমহৌবা য়োৎতুম মচেৎ অমনা

তেনগী মচিন ওইরবা তেন্দুনা,
শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা থৌগনখি।
মথল্লাই ল্লারবা শাদানবনা শ্রীচরন কোন্দুনা,
হায়জখি "পাপ চেল্লবা ননাইনি,
শাদানবগী মপোক্তা পোকপনি,
ননাইবু ঙাকপিয়ু"।

অসুম্না হায়নৈ ময়াম্না,
ত্রেতা যুগতা, কৃষ্ণনা রামচন্দ্র ওইনা পোকখি,
সীতাবু রাবনগী মখুত্তগী কন্ননবা,
য়োং নিংথৌ বালীগী মনাওনুপা,
শুগ্রীবগী মরূপ ওইখি।
শুগ্রীবনা ময়াম্বা বালীবু হাৎপিনবা হায়জখি.
শ্রীরামনা বালিবু, তেলনা থাদুনা মথল্লাই থাহনবীখি।
শ্রীকৃষ্ণনা হায়বিখি

"শাদানবা নহাক্তি বালীগী মচা অঙ্গদ
যুবরাজ ওইনা পোকখি।
ঐনা বালীবু হাৎপগী
নংবু লম্মন খুমহনগে হায়দুনা,
দ্বাপুর যুগতা, কৃষ্ণ ঐনা মসি পুন্নমক থোক্লবা
শিনবনি"।

হৌজিক্তি ঐগী বৈকুণ্ঠদা লৈগী দোলাই তোংদুনা
চৎচরো হায়না তাকপিখি।
শ্রীকৃষ্ণগী অরোইবা মতম লাক্লবদা,
ইবুংঙো মহাক্না তাইবং জগৎ থাদোক্তুনা,
মাগী বৈকুণ্ঠদা লেংখৎখি।
হে কৃষ্ণ ইবুংঙো,
তোল্লববু চানবীয়ু, লৈরোম্বা ননাইনি,
অশোয়বা অরানবা পুন্নমকপু ঙাকপিয়ু
হন্না হন্না খুরুম্জৈ।

——লোইরবা।——

